# মীতৈগী নোংকালোন

(শিবা অমস্নং তেংপান মপুগী মফমদা তিনবা)



ইরবা

হাংথেমচা চীংতমলেন

ফোংজবা কাংলুপ—

বীজয় পুরন্দা, হাংথেম ওংবী সনাজাওবী, হাংখেমচা ময়াম জুরত, মাইতৈ নৈমা, অগুজাও, চাওখাইমা, চাওতোম, তোরেন, সকোলসন।

অহানবা খুংনম মশিং ১০০০

মশিঙাকপম পাল্ডা ক্রম ৩১৭৮

মমল— লু: ২৭৫

---

# মীতৈগী নোংকালোম

## কংথোকচবা

নোংমতোন মায়কৈ পাংখ্রবা
লৈচিন খোংমেংনরবা
অপোকপা পস্থৌ — লৈমেঙাক
অপোকপী পনেম — পেমচা
মখোয় অনিদা কৎচরি মনাগী
'মীতৈগী নোংকালোম'

মখোয়গী মচা —
হাংথেমচা চাংতমলেন।

# ৱাহৈদোক

"মীতৈগী লোকচোন" কৌবা লাইরিক অসি ঐগী অহানবা খুদোল ওইনা, মীতৈ লেক তরেংকী মফমদা পুথোকনা হংচবসিদা ঐগী থমোইবু হনজিনা মুখাইবগী ইহো অমা লৌজে। লাইরিক অসি মায়া পিকপা লাইরিকনি, অদুবু লাইরিক অসিনা মায়া চাওখৎপা মুমঙ্গন লৈবা মীতৈগী লন অমা পুথোকনা মীতৈ মীয়ামদা উৎনবা হোৎনবনি। মীতৈগী লন অসি তশেং-নমক তাইবং মালেমদা অতোংবসি হায়বসি মরাম্না মাবিগনি।

লাইরিক মচা অসিদা ঐনা মক্তাদ উৎচনিংলিব মীতৈগী লন অসি মীতৈগী লান্নইশৈ হায়বা শুংশিবা অমসুং অওংবদা মুথকম ওইরবা ইনাংকী ওইনা পোৎশক অমনি। মীতৈনা শিবু 'লৌরাং চোইনা তারে' অমসুং সনা তরে' হায়, লৌক হায়বদি মৈ, ঈশিং, কুংশিং, লৈপাক, অতিয়া পুরাই মনাদি হায়ম লৈরিবা পোৎশিং অসিবু 'লৌক' কৌই 'লৌক' মরাম অসিবু মীওইবনা যাওহিন মপু মহাকী শকক ওইরিবা 'মি' মরাপা 'মিরেল' অথুনা লৈংনা লেংবগুম লৈংনা 'লাং' ওইনা কাজিন্দুনা পমাই, লৌক লরেং অমগুম পমাই। অদুবু তো বং হৈচা অসিনা অরিনা ইনা থুমশিনদুনা, মপু মহারা লৈবা মাইকচানুনা মপান্না লৌকশবদ লরেং অদু তংহৌই, লৌকশিং অদু চোই চোইনা তাহৌই। মসিবু শিব লৌরাং চোইনা তাবা কৌই। অমসুং হায়বদি কুংবু থম্না হায়বনি। 'ঐ'

# মীতৈগী নোংকালোন

পাকচাওরবা ওমথৈ লৈত্রবা তেংপান অনি ঙেপান মপু মহাকী শাকোংনি। অঙকপা অমসুং ফজবা থল্লবা তেংপান অমসুং ভাইবংপান অসিনা মপু মহাক লৈ কায়রবা খোংদো-কই। পিকত্রবা ককচেং অমদা লৈরিবা থরাই-বি অদু অমসুং লিংথ্রবা ভাইবংপানবু লমজিংগে থম্লিবা মুপা অমগী মপাদা ঘাওরিবা থরাই-মিরেল অদু অপুনবা থরাই-মিরেল ওইরিবা মপু ( Universal life ) মচোন্দগী খোকপনি অ সুং মহাকী মাচংনি, মশেক মচাম্নি। মপু মহাক লৈবকনা ভাইবংপান-বনা লিংজবনি। মাংভনা "নোংকালোন" হায়বদি মপু মহাকী মচেৎ, মশেক মচাল ওইরিবা ভাইবংচা এখোয়গা ভাইবং হকচাং থাগোরগা মপু মহাকী মফমদা কিনখিবা, চৌরককম মচোলা হনজনখিবা ওাকপা বাখল-লিচংনি। পোলপী-লানা লিবা অমসুং নেংকাবু 'য়াচংপা" কৌই। "য়াচংপা হ য়াপতি হরাহ মচামক্কা মপুকা য়ানতুনা চংলিপপু য়াচংপা কৌই" ১

১ পো. পাপা

'কা' হায়রবি বাংলগা, মপু মচু ন্দা তিনখিবা হায়বনি। 'লোন' হায়বদি মকম অসিনা বাথন, বাখুল, লোনচৎ হায়বনি। মরম অসিনা লোংকলোন হায়বদি মীতৈনা শিন্নপা থরাই থিবগনা মপু মাচাক্কী মকমদা তিনখিবগী লোনচৎ, বাথল লিচৎ হায়বনি তংলে।

ছহিগী মমাং চহি কুমচা লিশিং অহুমগী মতমদা লোকুন্থা থাইনগী মীওইনা শিংগী মতম থংনমই। কুনখুবা চহিচাদা (English কা) মসিং Science না যাবগা [চুম্বা] হয়মতুদি লৌবকশিংবা নওংনবা থিজিনবা, খংশিনবা মথৌ তাগা। হায়ন অসি ইয়েক ১০ না ইবা পুথাদা তশেংনা হায়বননি।

"সম অমা পাইদুনা শিনথুককী লৌও খুজিম শিকতুনা য়েংও, কানখৎলপদি সিনোইযে॥ তিনপক্তি নিপালে॥"[৩] পুম্না অসিনা হায়রিবদি মী অমা কম্না নাবে, শিংগনি চংশিনি হায়বা থংদ্রে। নাহিরবা মী অতুগী মরাই লৈফুদগী শমনা অমথক শম মযম মদগী থাইদোকতুনা পাম্নবা, মুকথোক্তবা নত্তে। মী অদুনা খুজিম কম্না শিকই। শম অদু খুজিম্না শিকপদা থোইদ্রবদি [খুজিন মকম অদুদা থোইদ্রবদি] নাহিরবা মী অদু শিরোই অদুগা খুজিন মকম তাদ্রবদি (থোইদ্রবদি) নাহিরবা মী অদু শিগনি।

---

৩ থনকৈ । ১০ মেকান

পুরা অসিদা মী অমা শিগদবা চহি তা'রেৎ য়াংশিংতু-নগী থংবা তম্বগী থাক্ষম য়াওরি।

লরাই লুংতন্দা "মরিংগী থোংচেনকুম্না চো চোং লাও-বা চেন্নপতি থুরিৎ নিনিত্তা মচাইনে থকনি"৩ পুরা অসিনা হায়রিবদি মী অমা অহল ওইশিনরে, মহাক্না শিবগী মতম অসি ফজনা খংবা য়াই। অহল অতুগী লরই লুংতোন্দা হরিংনা থোংবগুম্না চো' চোং লাওনা চেমনা চেন্নকলবদি মী অদু পুং ৪৮ দগী কেন্না শিংলারাই।

পুরা অসিনা হায়রিবা অসি লৈচৎ অমসুং লোয়না শিংলোন [ Religion and Culture ] গী থাক্ষম নত্তে, Science কী থাক্ষমনি।

"মপালি মমোন অনিমকপু কম্মু মাংতা ইপাকৌতথক পোৎসি পোংলোই থাংকমতা লমচিংলো থাকনে। অতুকা মচাকী মতুং ইন্না চৎকতনে ০ অসিপু মচা পোকচপকী মকৈ ম নে হায়পতি অসিপুনে॥"১

তন্দকী মশাং অসিদা পুরা অনিনা হায়রক্লিবা অসিদি লায়নশিংলেন অমসুং লিচৎ [Culture and Religion]গী থাক্ষমনি। অহল অমনা মহাক্কী শিগদবগী মতম অসি চপচানা থংলবা মতমদা মহাকপু হুম্না দ নতৈবা খাংলেনকদা থা পোকপ অমগী মগুংদা মচাগুপা সুপীশিংনা চিংদুনা পুশিনহনগনি।

---

৩ খমচুই য়া ৩৪ লেকাশিং

মায়বদি পোকপা। থাংপোক মমুংদা মী অমনা অরা অনা থাংহৌনা শিবা হাইদুনা লৈ। মকম অসিদা অরা অনা থাংহৌনা লৈরিবা অসি অনৌবা পুনসি অমদা পোক্লবা থাংলিবনি হায়বনি। মীতৈনা মপোক-লাংওন্দা মায়থাথবা [ Extrime belief in re birth ) গী খুদমনি।

*লাইপুংথৌ তরেৎ— ( ) নোংপোক চিংথৈ অপানবা (২) ময়াংপা কোপরু (৩) থাংচিং কোবরু নোংলাই (৪) য়াং পুরেল থানা চাপা (৫) ইলাই পুরেল পুলিং লা০ (৬) লাইনিংথৌ পাংকনপা (৭) মারাইরেল সিদবা ৪

না মীতৈনা শিবা মতমদা মপু মহাক্কী সমু ককচাংমকনি হায়না লৌরিবা ইপাতৈলপাক কংলৈপাক অসিগা চপ চানা তিমনবা, কংক্লা কোকা, খোংগ খোংগা পুনখিনবা তিপতুনা সিবা হাইদুনা লৈ। কংলৈপাক হায়বা লৈবাক অসি মীতৈগীদি ইপাতৈলপাকনি. পুনসি অমত্তুং লিচৎ [ পুনসি অমত্তুং ধর্ম্ম ] গা তৎনবা থানবা য়াদনা মরি লৈনরবা লৈপাকনি। মীতৈনা থাজরবই— কংলৈপাক অসিদা সিরবত্তদা মপু মতোল্লা চংজবা কংই।

ক লৈপাক অসিদা লিংজবা অমত্তুং শিজবা মীতৈগীদি তৌদবা য়াত্রবা পুনসিনি, লিচৎনি [ পুনসিনি. ধর্ম্মনি ]। মীতৈগীমমকত্তদি মরৈপাক নিংবা [ nationalism ] হায়বসি লিচৎনি, ধর্ম্মনি। মীরৈপাকতা শিববু 'লমসি' কৌই। য়াম্না [illegible]থীবনি হায়না লৌনৈ।

---

৪ য়াকোকলোন থিরেল

"ভৌমিজিকতি লৈপাক পুম্বা লোইনা অরাবা চংলবনি। লুমী লুচেৎ পুড়না নিংথি চরেলদা থাদবদি মীতৈশিংনা অরা লৈপাকী মীথা পোল্লগনিদো। মেক্ক মীথা পোন থোচৎ তৈদে। মংলেন মংথোং হাংদুনা শরু শক কুকপদি নিংথেম নংনা মচু-মী ময়াম ফংগনিবে।" ৫

"... the records distinctly show that up to the formal introduction of Hinduism in the reign of Pamheiba the people bureid their dead, ate meat, drank ardents spirits, and behaved just like the hill people of present day' 6

মীতৈলোনগী হাংলেংক —

"হিন্দু ধর্ম্মবু পামহৈবনা পানবা মতমদা পুশিল্লকপা অদু কাওবদি মীশিং অসিনা ফংলোইগী অসিবা মসা ফুম্নমই, শা চারমই যু থক্কমই অমসুং লৌভিকী চাংগী মীশিং অসিগুম্ম মরমচং চংলমই অহৈবা রেকোর্ডনা ফঙ্গনা তাকই" 6

"It is well kown that up to the advent of Hinduism, the dead were burred, and the chronicles mention the enactnent by Khagemba of a rule that the dead were to be bureid outside the enclosures of the houses. Gharib Nawaz ordered the Manipuris to exhume the bodies of their ancestors, which they formerly used to bury inside their compounds At a later date in his reign, in the year 1724, Gharib Nawaz exhumed the bones of his ancestors and cremated them on the banks of the Engthe River, and from that time ordered his subjects to burn their dead" 6

*পামহৈবা লাইরু লাংলপ

6 The Meiheis by T C H, Hodson, pages 97, 116, 117

মীতৈঙনোনগী ৱাহন্থোক— " হিন্দু ধৰ্ম্ম লাকত্রিতৈখনি লিরবা মীশিংবু ফুরবই হায়বশি কঙনা থংনবা ৱানি অমসুং থাগেশা নিংথৌমা অসিবা মীশিংবু য়ুমগী শকল ৱা মনা কুবগনবনি হায়-বগী চহন-পথাপ অমা পুথোকপা কোম্নু'গী সুমিৎ থুদিংগী ইমশিনবা লাইরিকতা ( চৈথারোল কুম্বাবাগুম্বা লাইরিকতা ) দংই। গরিবনিবাজ নিংথৌনা মনিপুরিশিংবু ম.থায়গী য়ুমগী শকল মসুংদা ফুরম্বা মপা মপুগী অসিবা মথাশিংবু ছোথোকউ হায়না য়াথং পিরমই। মতম থরা লৈরগা মনাক্লা পাম্লিতৈখনা খৃঃ 1724 দা, গরিবনিবাজনা মহাকী মপা মপুগী শরুবু তৌ-থোক্লমই অমসুং এংথি তুরেল (লিংথি তুরেল) কোবা'খা তৈ থাদোক্লম্লই অমসুং মতম অদুদগী মহাকী লৈপাকী মীয়াম্বু মখোয়-গী অসিবা মপা তৈ থাগদবনি হায়না য়াথং পীরমই।" 6

"The religion of the Country is ostensibly Hinduism, and this is apparently of Comparatively recent introduction, or, according to pundits and authourities, a revival The Proof of revival is so meagre, and the statment in support of the idea that the Hindu religion existed in the Country at a every ancient period are so contradictory and unsatisfactory, that there is no hesitation in stating that in every Probability although a spurious and imperfect form of Hinduism may have existed in individual cases previous to the reign of Gharib Newaz, about A D 1750, it was during his reign that Hindu religion became General, and was adopted by him and by the majority of the people" 7

---

6 The Meithis by T. c Hodson Pages 97 116_117

7 Gazetteer of Manipur by E. W. Dun page 16.

মাংলোনগী বাহৈখোক—

"লৈপাক অসিগী লৌচৎ (ধর্ম) শি তৌশিনবা হিন্দু ধর্মনি, অদুগা মসিগী পুশিল্লকপা কুইত্রি হায়বসিগী উই অদুবু কোংগুংগী পণ্ডিট অমসুং অচৌ অশাংবশি (শিক্ষবদগী) হিংগৎ-লকপনি হায়। হিংগৎলকপনি হায়বগী পিরিবা প্রমান অদু অসুকী মতিক মতিক চাখিদ্রে অমসুং হিন্দু ধর্মসি থাইঅদগী লৈবাক অসিদা লৈরকলে হায়বসে লৌগৎলবা মখোয়না পিরিবা বায়েৎ অদু অসুকী মতিক অমগা অমগা পেংগাইদৈ অমসুং হানিংদে মহুদি ওইবা য়াবা পুরমক খল্লুরবা মতুংদা, গরিবনি-বাজনা পানবগী মমাংদা মপুং ফাদবা অগল্লুং শেংবা হিন্দু চংপা লৈওই পরা লৈজরয়বসু, মহাকী মতমদা চাওরাক্লা খৃঃ ১৭৫০ দা ধর্মশি ময়ামগী ওইখিবনি, মহাক্না ধর্ম অসিবু লৌখিবনি অমসুং মীয়ামসু লৌখিবনি।" 7

"The origin of the Maniparis is obscure, and the written records, having been mostly composed since they became Hindus, are not worthy of much credit Their claim to a Hindu origin has been rejected by Pemberton, who considers them to be descendants of a Tartar colony " 7

মীতৈলোনগী বাহৈখোক –

"মনিপুরীশিং অসিগী হৌরকফম অসি য়াম্না শেংদে, অমসুং অইবা রেকার্ড লৈরিবা অদুসু মখোয়না হিন্দু ওরগা শেম্বনা অয়াম্বা ওইবনা থাজবা য়াম্না বাংলি। মখোয়না হিন্দুশিংগী

7. Gazetfeer of Manipur by E. W, Dun Pages 16, 37

মচা মগুনি হায়বসি পেম্বরতন্না য়াদে অমসুং মহাক্না ভারতার কাংবুগী মচা মগুনি হায়" 7

"Their claim to a Hindu decent has been rejected by some persons who studied the subject with great attention. One officer formed his opinion that they are descended from a tartar colony from China" 8

মীতৈলোনগী হাইস্লোক—

"মখোয়না মখোয়সি হিন্দুগী মচা মগুনি হায়বসে মখোয়গী ময়মদা মুন্না নৈনরবা মী খরনা শুকয়া য়াদে। ওফিসার অমনা মখোয়সে চাইনাদগী লাকপা তারতার কাংবুগী মচা মগুনি হায়" 8

"All these tribes have also traditions amongst themselves that theMunniporees are offshoots from them These traditions then, and the composite nature of the language appear to me to afford more reasons for supposing the Munniporees to be decended from the surrounding hill tribes" 9

মীতৈলোনগী হাইস্লোক—

"চীংদা লৈবা মী কাংবু পুম্নমক অসিগী মনিপুরীশিং অসি মখোয়দগী থোকখিবনি ( মখোয়গী কাংবুনি ) হায়বগী বারি লৈ। বারিশিং অসিগা অমসুং ( মীতৈ ) লোন্দা য়ানবা মওং ওইবা অসিগা খল্লুবগা এৈছোন্দনি মনিপুরীশিং অসি চীংগী মী কাংবুশিং অসিগী মচা মগুনি হায়বসি য়ানবা মরম লৈ"। 9

---

7 Gazetteer of Manipur by E W Dun Pages 16, 37
8 Statiscal account oi Manipur by R, Brown:, page 57
9 The Meitheis by T C. Hodson.

ঐখোয় অসি হিন্দূ আর্য্যগী কাংবুদা মত্রগা অহোল্লা মী কাংবু অমরা হায়বসি হৌজিকতি য়েংনবা য়াদবা লেপলে হায়রা খলি। মীওইনা পোক্নমই পোক্লমদে হায়বগী অয়েল্লা পাওখুম পীবা ঙমত্রিবা আর্জুন হায়বা সুপা অমগী রাকম পুশিল্লগা মীতৈবু হিন্দুনি হায়নবা হোংনবা অহ্ হৌজিকতি মপুং কানা মাইখিরে। ১৯ শুবা ইংলিসকী চহি চাদা ইংলিস মচাশিং অসির্মা লৈপাক অসিদা হেক য়ৌরকপগা কংলৈপাকতা লৈরিবা মীওইশিং অসি কনানো করম্বা মী কাংবুনো; কমদা লিচং (ধর্ম) চৎলি হায়বসি খিজিল্লি। মীতৈ লৈপাকী কোহুংদা লৈরম্লিবা হিন্দু নিংথৌ অমম্তুং মহাকী মতেং পাংবা ব্রহ্মণতা (মরাং কাংবু) না মী কাংবু অসি হিন্দুনি, ধর্ম্মনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলি হায়নবা শুমজবী থাদুনা কোৎনৈ। মরা লৌখিদে। মথকী extract খরা অসি মুদা পাখিয়ু।

পূর্ণমক অসিগী মথকতা হৌজিকতি মীতৈগী মখুৎতা 'মীতৈ হিন্দু নত্তে, হিন্দু ধর্ম্ম চৎলমদে, মমুনা চৎহনখিবনি, হায়বগী অইবা অমম্তুং ইদবা প্রমাম কয়া লৈরে। মসিগী মতাংদা মীতৈগী য়েক্লবনা মীতৈবু শীংমনবা হোৎনবা, মীতৈগী মাংদা লেপ্পা শুমলরোই।

মীতৈনা হিন্দু ওইরমত্রবদি, হিন্দু ধর্ম্মগু চৎলমত্রবদি অতুগা অংহোমদা মীতৈনা হসি কাওবা থাজদিবা অতুগা চীংদা লৈরিবা কাংবুকসু থাজারবা চীং অমম্তুং ওমদা তাবিবা মীশিং অসি মী কাংবু অংতনি জাৎ অমতনি হৌরকফম অমতনি

হায়বসি লৈবনা মীতৈনা শিরগা মৈ থারমদে ফুমললঈ হায়বসি ককপা য়াত্রবা য়াকমনি।

অদুগা অমেম্না য়াকম অমনা পা।ৈবা লাইব লাথুপতা মীতৈদি ফুমলমই মৈ থারমদে হায়বগী অমম্না প্রমান পীবা অসিনি। মীতৈবু নমদুনা হিন্দু ওলহনবা মতুংদা পাম্হৈবা নিংথৌনা মীতৈগী মংদগী যুংশিরবা ইপা ইপুগী শক অমসুং মপোৎ মচৈবু নমদুনা তৌথোক্নগা লৌথোক্নগা নিংথি তুরেম্না চনথে লংথোকই হায়রি। অকিবা অমসুং অবাবগী মশকনি।

পামহৈবা লাইব লাথুপতা হায়রম্বা অসি T, C Hudson অমসুং মহাক্কী ইংলিস কাংবুনম্ব হায়রম্বা অসিনি। মথকতা পিজখিবা T. C. Hudson গী লাইবক "The Meitheis"দগী লৌথোকপা বাহৈ পরেংশিং অদুদা যাওরিবা "..exhume." হায়বা বাহৈ অসি লৈপাকতগী তৌথোকপা হায়বনি।"..English River..." হায়বা অদুনা নিংথি তুবেম হায়বনি। "cremated.." হায়বা বাহৈ অদুনা মৈ থারমই হায়বনি। পামহৈবা লাইব লাথুপ অমসুং The Meithis ইবা মতম খেন্নৈ। পামহৈবা লাইব লাথুপা ১৮ শুবা সটাবদিগী অহৌবদা ইবনি and English মচাশিংগী লাইরিকশিং অসিনা অয়াম্বনা ১৯ শুবা সটাবদিদা ইবনি। মথোগনী লাইরিক্কী মচাকশিং অসিগী ফংকমল্ল লোন। পামহৈবা লাইব লাথুপা উংহোবা তাহৌবা গীতনা ইবনি অঙ্গা সাহেব মচাশিং অসিগী লাইরিক্কী মচাকা হিন্দু নিংথৌ অমসুং নহাক্কী মতেং পাংবা ময়াং সভাদগী অয়াম্বনা ফংবনি।

অদুবু চেনবা য়াদবনা সাহেবশিংনন্থু শেংনা হায়রমই।

"গুরু শান্তিদাসনা হায়রমই— মৈতৈগী ইশৈ শকপা য়াদে, মাহুদা পুংশিঠনা মীত্তা পী তাঠনা কপলবদি— অমুক দুংথিল শিবগা কাক ওন্দুনা, অহিং শিবগা মকু ওন্দুনা মকোহ নুংওন চাংদা পাইশিল্লি অদুগা নরক তাই। নোংপোক নিংথৌ পাম্বোক-বীগী মণ্ডপ তাবা য়াদে, খম্বা থোইবীগী ইশৈ তাবা য়াদে, হাবনা নিংথৌগ থিংহল্লি, মাহুম তৌদুনা মৈতৈগী মদা কুবা চিত্তামনি ময়াম ফুকতুনা শামুমপোং তরুক নিংখি তুরেলদা হুথি।"১০

অতোম্বাপু শর্মা মীতৈগী মরূপ ওইরমদে— মরাম্না থংনরবা রাক্ষমনি। অদুবু মহাকন্থু মশাক্না থংবা অচুম্বদি শেংনা হায়রমই।

হৌজিক ফাওবদা মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎনুনা মৈ থারবন্থু হকচাংগী শকক খরা 'লৈতাইবা' হায়না চৎনরি। মশিন্থু ফুমলন্থগী খুদমনি, ইপা ইপুনা ফুমলম্বা কাওদনবা থমলম্বা খুদমনি।

হৌজিকতি, মরম পুম্নমক অসিনা, মীতৈনা শিরগা মৈ থারমদে ফুমলগাই হায়বসিম্থু অবেম্না ওইরে, য়েৎনবিংবাই লৈত্রে।

মীতৈ (হিন্দু) না হৌজিক শিবদা শকলিবা ইশৈ পরেং অসি অমত্তা মীতৈগী নত্তে। মরোল মরি খৎবা লোন্দা পুদা অদুনন্থু মীতৈগী নত্তে হায়বা খংবিরমগনি। মীতৈগী য়াম্না দুংশিবা হেন্না ফজবা তেংথা ইশৈ (পুথোকপদা শকপা ইশৈ)

---

১০ অতোম্বাপু শর্মা "পাখংবা" লাঃ ৫

অমম্তুং লান-হৈৈপ (তারগা শিরমদাইগী অমা ইপাকপু লান হৈৈপ) হৈৈ।

মী অমা শিগদোরে, মহাকপু খাংলেনকমদা মচা মুপা মুপী শিংনা লমজিংহনা পুখোকমি, মহাক্না লোংনা খা'পোক মমু'দা হিপহনা শিবা ঙাইহনা হৈৈগনি। মতম অমদা মংাকফী মুংশিবা মচা মশুশিংনা, মীয়ামা মথাগী হৈৈপ অসি শককনি—

হৈৈরাং খোইনিদা
চানবা হৈৈমিদা
শিবু থোইনা হাওবা হৈৈদি
চিনতম্বা হৈৈনিদা।

ময়াই হৈৈকাই পম্বাল শাংলে,
খোইম্ুনা ইল্লে খোইরাবা,
শাবী লাও লাও চংশি লাও
কলকপা য়াম্মী কপ্পাওবা য়াম্মী
মাংদা থারো লাউ।

লানশোম্বীগী লময়াইদা
মুগুনা রারে পোংথাবা
ইপাম লমদম য়েংলুবদি
মুংশিবা মাইকৈ তামখরে।
হৈৈরাংখোইনিদা....................

.......................................

চেন্না পাইখরবনা
পোম্বী ওক্লিংকপদা,
চেক্লাগী কাইদোংফম থংদবনা
পোম্বী কংভাওনপরে।

*সাবী ইনম মচা পাম্মুবী,
চীংনুংগী সনা লোকতগী পাইবিরকপোনে।

শকলিবা ইশৈ অসি লাম-ইশৈনি। মীতৈগী লীচৎ শাজত্তা লুপতুনা লেপ্লক্রবা পুনসি অমদি শকলিবা ইশৈ অসিগী রাইস্তোক থমথেংনা থংলব পুনসি, অমদি শকলিবা ইশৈগী রাইং থুদিংগী রাথুনবু চেৎনা অমস্নুং লুনা থাজরক্লবা পুনসি অমগী লোই রমদাই মীকুপতা ইশৈ অসি শকপদা শিগদোরিবা মী অত্তুদা লোককদবা মহৈ আন অঙকপনি। য়ান্দুনা লৈরবা শিবগী রাথল্লা পলেপফম থ দ্রবা পুনসিনি, তাইবং হকচাংবু থাদোক-লমদাইগী অরাবনা কম্বী থকতা চৌরবা তাইবংচানি। অস্নুম্না থম্না থকতা থাপলবা ঈশিংগুম লেপ্লক্রবা পুনসিগী মিকুপতা পলেম পম্বৈবু হৃদনতা নিংশিংহল্লি। পলেমগী খোংলাংগী পাম্বৈনা তাইবং শারপ ভাল্লকপবু নিংশিংহল্লি। অপোকপী পলমনা মচাবু তাইবং কনা শোককদগে হায়দুনা মুংশিনা চাম্না য়োকখিববু নিংশিংহল্লি। শাংলবা পুনসিগী লৈকংলা (মরুভূমি) গী খোংচৎতা চানবী মাগা সমু হকপোননা খুৎশম্নদুনা অঙাই তাইবংমি কাওদুনা মুংভাইবা ইপাকতা ভাওখিব

* সাবী ইগানমভা নত্রগা সাবী মানচা হায়রগা। মুপা মুপীগী মুংশি মুংওনগী থংনৈ।

নিংশিংহল্লি পুম্নমক তাইবংনি, পুম্নমক পুনসিদি পুম্নমক অরেম্বনি, মপু মাত্তনা অগেল্লনি হায়বা তাইহল্লি। পাক চাওখ্রবা লান ওমদবা তাইবং ইপাকপু লানহল্লি।

শকলিবা ইশৈ অসিনা করি হাওরিবনো? মীতৈনা পোকপা হিংবা শিবা খায়বসি করিনি হায়না লৌবগে? থা দোকপা মাত্রবা পোকপা হিংবা শিবা হায়না লম্বী আসনা তাইবং শেম্বা মপু মহাককী মফম কনিনো? মপু মহাকপু মীতৈনা করিনি হায়না লৌবগে? এখোয় তৌজিক যেংশি। ইপা ইপুগী অরাংবা থাককী বাংউপোন শম্মি।

চৈরাংখোয়নিদা
চানবা চৈ নদা

এখোয় খুদিংনা ইরাই লাইনা থংবা পোৎ অমদি চৈরাংখোয় হায়বদি কুগী ওইবীশিংগী থবাকশা ফিনা কুপতুনা লোৎতুনা থম্বা পোৎ অমত্ত মানবা উচৈ অমনি। অমত্তম্বা উচৈ অত্ত চানিংবগা হেকতুনা চানবা পোৎমি হায়বনি। চানিং-বগী মীওৈবা হেক পোকপগা হেকতুনা চাবা যাই হায়বনি। মসিনি ইচম চম্না মপান্দা মথককি শরেং অনি অসিনা উৎলিবা।

চৈরাংখোয় = চৈ + লাং + খোয়

মীতৈগী অরিবা লোন্দা চৈ হায়বা রাইনা তাইবং মপু মহাকপু থংনৈ অত্তগা অপোকপা ইপাবুম্ন থংনৈ। মুপা ওইববুম্ন থংনৈ। খুদম — "চৈনা মপান থাপা হানা মউ লিংগী কোংপতি কনগী কোনতকী নৌরা অশাং মপু হুনপা ওইখিয়ে" ১১

---

১১ রাকোকলোন খিপেন

লাং হায়রবদি মফম অসিদা লাংবা, লাংতক্লবা, মিহোৌবা হায়বনি। মীতৈলোন্দা 'খোয়' হায়বদি পুক্লিং হায়বনি। খুদম— খোযদাদে, খোয়দাজে, খোয়বাংই .. । মবম অসিনা 'হৈগাংখোয' হায় বদি হুপা ওইবশিংগী মিংয়েং থমফম, মিহৌনফম ওইবা হুপী ওইবীশিংগী থবাক ঙোমাংখোয় মানবা অদুবু হাযবনি।

মবম অসিনা মথক্কী ইশৈ পবেং অনি অসিনা হাযরিবদি থবাক অদু উকবদা অপাম্বনা মৈহোৌবে মিহৌবনা থুমহৎলে, চানবা ওইবে শোরবা ওইবে হাযবনি— অদুবু ।

'শীবু খোইনা হাওবা হৈদি
চীঙুম্বা হৈনিদা

মফম অসিদা শিজিন্নবিবা 'শীবু' হায়বা ৱাহৈ অসি হুপা ওইবশিংগী পুৱিদা হেবক্লিবা ইহৌ— অপাম্বা মিহৌবা— অদুবু মহুৎশিনবা ৱাহৈ ( Demonstrative Pronoun ) নি। শন্দ্রিবা ৱাথদ - অপাম্বা মিহৌবা— অদু থুংবদগী হেনবা মবম শৈবি, 'চীঙুম্বা হৈনিদা হাযবনি। 'চীঙুম্বা' হাযবদি তাইবং মাপেমদা তাইবংচানা হান হান্না লাক্লগা অহানবা চাবা পোৎ হাযবনি। চীঙুম্বা হৈনিদা' হাযবদি তাইবং শেম্বা মপু মহাক্না তাইবংচানা পামগী নাওনীবোন্দগী তাইন লম ঙ ফাওরক- পদা অহানবা উহৈ ৱাহৈ চাবা ঙমিতেদা চাকনবা থারকপা ইবিক লাংজ 'পলেমগী খোল্লাং' হায়বনি।

মবম অসিনা মথক্কী ওশৈ পবেং মবি অসিনা হায়রিবদি তাইবং শেম্বা মপু অদুনা থাবকপা থরাই—মিরেল অদু পম্মৌ

মপাদা পন্দুনা লৈরে, পন্থৌ মপাদা পন্দুনা। হৈরিবা থবাই মিরেল অন্ত পান্নৌগী শাম্নপোৎকুম উৎলিবা পশেমগী নাওবীকোম্বা থাদারে, মাওবীকোম্দগী তাইবং লমজাও খোংদারে তাইবং মালেমদা 'পলেমগী খোয়াং' পকতুনা তাইবং শারেপ তম্নবে হায়বনি।

ইৈশ পরেং মরি অসিগী ম্বাম্বা ফজবদি য়াইহ খবতা অসিনা তাইবং পানবা মপুদগী, পলেম পন্থৌ অমদি এগী পুন্সিগী অহৌবন্ পুম্না উহনবা অসিনি।

ময়াই লৈকায় থম্বাল শাংলে
খোইমুনা ইল্লে খোইরাবা,

মীওইবা ঐখোয়গী থমোয় ( heart ) পু মীতৈনা 'থমোয় থম্বাল' ১২ কৌই। থমোয় থম্বাল অসিদা ঈনা থল্লা কম্না চেনখৎলকলিবা মখ হায়বদি নহা ওইবগী মথোং কাখৎলকলিবমথৈ মীওইবনা অবাম খৌরাংবা হেনগৎলকই, অপাম মিহৌ হেনগৎলকই। অস্নমা অচুম অয়ান খংদবা অপাম্বা মিহৌবনা লমজিংশা পুনসিগী তাংককপু "ময়াই লৈকায় থম্বাল শাংলে খোইমুনা ইল্লে খোযরাবা" হায়না ফোংদোকই। খোইমু = খোয+মু হায়বদি পুকমিং অমুবা হায়বনি। "খোইমু-না ইল্লে খোয়রাবা" হায়দি হকচাং শকতম্না মপুং ফানা ইনংৎলরবা অত্র অমুবা বাখল ভাকতা থলি হায়বনি।

---

১২ থমওই য়াংওই সেকনিং।

শাবী লাও লাও চৎশি লাও
কল্লকপা য়াম্মী কপ্পাওবা য়াম্মী
মাংদা থারো লাও

শাবী=শাপী হায়বদি মীতৈলোন্দা থবাই—মিরেল ঙকচাংবু পুরিবা মপু মাগী মীওইবদা য়াওরিবা অহিংববু পিরিবা পোৎ অদুবু থংনৈ। 'শাবী ইবুংঙো', শাবী ইবেম্মা' হায়বদ "ঐগী পুনসিগী থরাই, ঐগী পুনসিবু পৃবিবা, ঐগী হকচাংগী মপু" হায়বনি। মথক্কী ইশৈ পরেং অনিদা কল্লকপা মিহৌবা অচুম অরান থংদবা পুনসিগী শকতম অমা উৎলে। হন্দক্কী পরেং অহুম অসিদা তারকলিবনা অচুগুম্বা পুনসিগী অপাম মিহৌবা পুম্নমক অদু মপু মাগী শক্তক ওইবিবা থরাই-মিরেল অচুগীদি যেক্লবনি, কল্লক য়েংশি লাংনি থাদোক্লমলো, মাংদা থারো মপুগী লমদম পাংলশি হায়বনি।

শকলিবা লাং-ইশৈ শক্তক অসিনা মিকুপ থরগী মথংদা থমনুং শরা তাল্লগদবা ভাইবংচাদা পুনসিগী হৌরকফম, পুনসিদা থোকখিবা অরা অনাগী থোদোক কয়া নুংশিবা কল্লকপা, মিহৌবা পুম্নমক নিংশিংহল্লি। পুম্নমক অশেংবা থরাই মাগীশি কল্লিন্ন কান্নদবনি থাদোকলো হায়না তাহল্লি।

লানশোম্বীগী লমযাইদা
মুগুনা রারে পোৎথাবা
ইপাম লমদম য়েংলুবদি
নুংশিবা মায়কৈ তামথরে

পম্বোগী মৌজাল্লা এগী পূনসিব পলেমমী নাওবীকোন্দা মক ছনবিরে। পলেম অপোকপী মগাল্লা থা তরা নাওপুরে। তাইবং লমজাও খোংদাবে, পলেমগী খোংলাং থকহুনা তাইবং শারেপ তাল্লক্লে। তাইবং শারেপ ফারবনা কল্লকপা, মিহোৎবা, অপাম্বা, মুংশিবগী লানফম্দা অডাই তাইবংনি কাওহনা, থবাইগী ম। ওইরিবা মহাকপু কাওহনা পুনসি লেল্লুরে। অদুবু হৌজিকতি শিংলুপ খরগী মনুংদা খাগুং শরা তাল্লগনি অবোইবা য়াম্লিপতা হিপলগনি।

"লানশোম্বীগী লময়াইদা'

"লানশোম্বীগী লময়াইদা" হায়বদি অৱা অনানা থল্লবা, কাক য়েংলিনা থল্লব হিংবগী লানফম ওইরিবা তাইবংপানববু হায়বনি। লানশোম্বী= লান+শোম্বী =লান হায়বদি পূনসিগী লা।=শোম্বী হায়বসি অরিবা লোন্দা 'সনবী হায়না লৈরম্বা মাং অদুবু এখোয়না হৌকিক "শোম্বী" হায়না লৈরমলে। শোম্বা নত্রগা শোম্বী হায়বসি মীতৈলোন্দা মখোং লোম্বা হায়বদি মী থুংবা পুনসিগী লাল্লা মখোং শোমহুনা হিংহনবা থংমরে। "লালশোম্বীগী লময়াইদা" হায়বসি "লাল্লা থল্লবা লময়াই হায়বদি তাইবং পান অসিবুনি হায়বদা শোংদ্রে

"মুহুনা রারে পোংখাবা

মুহু=মু+হু =মু হায়বদি অমুবা হায়বদি তাইবং পানবদা থল্লিবা রাখল কল্লক য়েংথি মিহোৎবা অসিনচিংবা পুম্নমক ম্যাসমু হায়বনি। মু হায়বদি মী হায়বনি মুপা মুপী অনিংকপু

থংনবা হাইহনি। 'মুনু' হায়বদি তাইবংপানবগী কনক য়েংশি মিহোৎনী লাল্লা লুপতুনা লৈবা মীনু হায়বনি। মরম অসিনা "মুপুনা হারে পোৎথাবা" হায়বদি পুনসিগী মনক য়েংথি মিহোৎ লাল্লা লুপতুনা লৈরকপা মী অমা ওসিদি লান শোক্নবা অমা ওমথকনা হায়রনা লোংনা হিপতুনা শিবা হাইদুনা লৈরে হায়বনি।

মীতৈগী খাথল, মীতৈগী খাংউলোন ( Philosophy ) কনবগী কনবনি, পুংশিবগী পুংশিবনি। লাম-ইশৈ অসিগী তাংকক অসি কাওবগী কনবা অসি অওকপনি।

পলেম পগ্নৌনা পোকপিরে। তাইবং শাবেপ কাম্লকলে। অবা মুংতাই মুংশি পুংওনগী পুনসিদা থোংদারে। পাখি মনোম ফংলে। চীংদা কাম্না শীং চনে, পাৎতা কুমহৎনা থা ফারে। পাখি মমোম লোকপদা পাথোমগী পাজল পোইরক্রে, থপ্রাক বুক কায়রে। পুনসিগী লানকম থায়ওক্লবা ওমলকত্রে। হায়রুনা, পুমশিলান শোক্লবদা কেমলদুনা হৌজিক্কি অরোইবা ওইনা পোৎথাদুনা হিপতুনা লৈরে ( শিরে )।

ইপাম লমদম য়েংলুবদি
পুংশিবা মাথকৈ তামথরে।

ইপাম = ই + পাম = ঈ + পাম্বী = 'ঈ' হায়বদি ওইথোকপগী ইশাদা চেল্লিবা পুনসিগী মনক ওইরবা ঈ অসিনু থম্বই অমুগা ঈ না চেল্লিবা মী, শা, উচেক থরাই পানবমুনু থংবৈ। 'পাম' হায়বদা য়োৎরকপম ওইরিবা অমুবু থংবৈ। মরম অসিনা "ইপাম

লমদম" হায়বদি ঈ পুন্নমক্কী হৌফম ওইরিবা মপু মহাক্কী মফমবু থংনৈ। সুংশিবা= সুং+শিবা= সুং' হায়বদি পোকপদগী হৌরিক ফাওবদা ঐনি হায়বা খংলিবা, অয়াং, ঙসি, হয়েং হায়বা মতম অক্তবু শন্নহল্লিবা তৎতবা সুংগী রাখলগী ইচেনবু 'সুঙ্' কৌই। খুদম— পুনসি সুংশাংবা, সুংখং ইল্লগা। 'শিবা' হায়বদি মাপম অসিদা লিংলবা হায়বনি। মপু মহাকতি ঐখোয় পুন্নমক্কী সুংশিবনি মপু মহাক্কী মফমদদি ঐখোয় অসি নোংলৈ সুংশিবগী মমাংদা লেরা মখোলগুম্বনি। মহাকতি সু শিবগী সুংশিবনি। মপু মহাকা ঐখোয়দা সুংশিবা' হায়বা অমা পিনরগা তাইবংপানবা লোমদনবা হোৎনৈ। মহাকতি সুংশিবগী সুংশিবনি, সুংশিবগী হৌফমনি। মরম অসিনা মথক্কী লাম্ন চৈশে পরে অনি অসিদা হায়রিবদি মীওইবা ঐ খাঙনা অপাম সুংশি কনক লেংথি মিহো পুনসিগী লান্দা পুনসি লেল্লুবে। পুনসি অসিদা ঐগী সুংশিবা সুপী, ঐগী সুংশিবা ইচা, ঐগী লনপুম হায়বা রাশল অসিনা অমক্কী মতিক লুপ্তবে অওাই তাইবংনি কাওনবে, 'শনি কোবা থললুদ্রে। অদুবু পুন্নমক অসি অবেংগা ওহরমসে। পুন্নমক অসি অবেম্বনি থংল্লবা, মপু মহাকতনা অলেংবা মকোনি লংলন্দ মতম অসিদা পুনসিগী অপান সুংশি কনক লেংথি মিহৌ লাংদা থুরুবনা তাইনবানবা লেম্বা মপু মহাকক্কী মফমদি, লোইলোইবা সুংশিবা তাইবংগী মপা মহাকক্কী মফমদি তাম্নমলে, পাপ্না লৈরমলে হায়বান।

মসি য়োমগা "হৈরাংখোয়নিদা" হায়হনা অমুক হনজিনা

লকই। তাইবংপানবা মপু মঙোন্দগী লাপথোকহনবা পুনসিগী লানথু অমুক নিংশিংলি।

চেক্লা পাইথবনা
পোম্বী ওক্লিলকপদা
চেক্লাগী কাইদোংফম থংদবনা
পোম্বী কংডাওনথবে

হৌজিকতি ঐথৈ নিংখৌ লাংপূলেনগী লাইজ ইরেল ইপুংনা ইহৌরকলে। সমু হকচাং অপূবা ঐনা ইশিং ওল্লে, ঐশিংনা পুমথুম থুমললে। থরাই কোনা চেক্লাগী মিকুপ অমা পামফম লৈরকত্রে। থরাই কেবা চেক্লানা সমু হকচাং থাদোকতুনা মফম থংদনা পাইথোকখে।

মফম অসিদা 'চেক্লা' 'পোম্বী' হায়বা রাজৈ অনি শিজিন নরি। পাকচাওরবা ক্নথৈ লৈত্রবা তাইবং অভিয়াদা পাইরিবা উচেকপু মীতৈনা 'চেক্লা' কৌই। মফম অসিদা, মীগী মশানা শিরভুনা ঐ পুম্নমক ইশিং থলহনা লৈবা মাত্রহনা হকচাং থাদোক্রমলগা থোরক্রবা থরাইবু চেকলাগা পান্দমবে। চেক্লাদি মাগী কাইদোংফম লৈবনি, কাইদোংবনা মাগী পোংলানি। অত্রবু থরাই কোবা চেক্লাগী কাংদোংফম ওইরিবা সমু হকচাংদ ইশিংনা থুমথবে, কাইদোংবা যাথত্রে। পোম্বী = পোলপী -- মীতৈনা চোংবা অমুবী, তেংবানচিংবা য়োরবা শরং মচা অত্রবু 'পোল' কৌই। মফম অসিদা মী ওইবা সমু হকচাংগুন। 'পী' হায়বদি মপী, সমু হকচাংবু অহিংবা ওইনা চংংফিবা

অদুম্ হায়রবনি। মরম অসিনা 'লোনশী' হায়রবদি হকচাংশী থরাই হায়রবনি। ইশৈ অসিনা 'চেক্লা' স্থ 'পোত্থী' স্থ অনিমক থরাইগুম্ হায়রবনি, অদুবু শিজিনকমদি খেন্নৈ। 'চেক্লা' হায়রবনা থরাই মতোংগুম্ তোঙান্না হকচাংগা কোননা শিজিল্লবনি, অদুগা 'পোত্থী' হায়রবনা থরাই অসি হকচাংগা কোননা শিজিল্লবনি।

হকচাং = হক + চাং—মীতৈনা English লোন্দা element হায়রগা খংনবা মশাগী অকুপ্পা লৈবা পোৎপু 'হক' কৌই। 'চাং' হায়রবদি অরেপ্পা শরুক, ওল্লবা, অকক্লবা হায়রবনি। পোৎশিং হায়রবদি হৌজিকী মতমদা শেংনা খংলবা য়োৎ, কোরি, সনা, অক্সিজেন, নাইট্রোজেন অসিনচিংবা পুম্নমক অসি অরেপ্পা চাং অমদা তিমশিন্নরগা 'হকচাং' ওই হায়রবনি। মসি মীওইবগী 'হকচাং' হায়রবা বাহৈ অসিগী বাহস্পোকনি। অদুবু মীওইবনা শিরবা মতমদদি 'চাং' অসি কায়রে, থরাইনা লৈবা যাত্রে। থরাই চেক্লা পাইখোক্লে।

মীওইবগী সমু হকচাংবা কাবলোংকম ওইবা ময়াক্কুপ্পদা থরাই কৌবা চেক্লাদি পাইখোকখে। অদুবু থরাই কৌবা মহাক্না সমু হকচাংদা লৈরিবৈদা ফাইবং লাম্দা থাওরকই। এগী খুংশিবা, এগী থেরুবা হায়বা বাখলদা লুপলকই। এগী ইদা, এগী ইকু এগী ইরল হায়বা বাখলদা লুপ্লকই। তাইবং পুমসিদা লুপ-লুবনা থরাই কৌবা চেক্লাদি পাইখিবা ওমত্তে, সমু হকচাংদা অমুক চংগে নিংলক্লে। মসিবু ইশৈ অসিদা "চেক্লা পাইথরবনা,

পোম্বী হৌরক্লকপদা" হায়না শৈশাখৈ। অদুবু মমু হকচাংদি ইশিং অরিবনা ইথুরমলে, পুমমক কাংথোং চাইরমলে, হক্তিনবা মাংদ্রে কায়দোংকম কংজ্রে। তাইবং পুনসিদা লুপলুবনা তাইবং হকচাংবু থাওমদতুনা নিংথমদনা হক্তিল্লক্লবা থরাই চেক্লানা কায়দোংকম অমুক শৈন্তবদগী, ফংদবদগী নিংথমদনা অমুক কোৎতাওনমা পাইদুনা লৈরে। ঐগী ইচা মুংশিবা ঐগী পুগী মুংশিবী, ঐগী ইরল পাম্মুবা থাদোকচনিংদে অমুক তাইবং হকচাং হনজিন্দুনা মথোয়গী মরকতা লৈজনিংই। অদুবু কদাই, তাইবং হকচাংদি ইথ্রমথে, কাংথোং চাযথরে। নিংথমদ নিংথম-দনা থাদোকলে, কংতাওনদ্রুনা পাইরকলে। মসিগী থরাংগী কিজম অসিবু "চেক্লাগী কাইদোংকম থংদবনা, পোবী কংতাও-মথরে" হায়না শৈথাখৈ।

শাবী ইনেম মচা পাম্মুবী
চীংজুংগী লমা লোকতগী পাইখিরকলোমে।

পরেং অনি অসি মীতৈগী লাম ইশৈ অসিগী অরোইবা পরেংশিংনি। তাইবং পুনসি থইরিবৈদদি থংদু থংথৈ, চৈদু চৈনৈ, ঐথোয়না তাইবংচা ওইবনা। অদুবু পলেম পম্বোনা অরোইবা য়াহিপ তমক্লবা মতম অদুদদি মিংথমী পি তারক্লে, পিওমদবা মৈমা চুরক্লে। থায়ন ঙৈশা লাংলক্লে। "হা পলেম মুংশিবী ঐখোয়বু থাদোক্লগেরা? পম্বো নংবু কৈদনো, নচা নৈথবু কাওরবা?" অদুবু কনানা পলেম পম্বোবু থাবা ওয়গে?

অসম চংখি •• চংখি • খাম্বা ঊগাহৌদে। অতুম লৈহৌই .. ঐখোয় লৈহৌই নিংঙমদনা।

শাবী হায়বদি থরাই হায়বনি মথকত্তা হায়জখ্রে। থরাইগী পাম্বী ওইরিবা থরাই পুম্নমক্কী হৌফমদি তাইবং মপু মহাকনি মথকত্তা হায়জখে। তাইবং মপু মহাক্না থরাইগী •রাইনি, থরাই পুম্নমক্কী হৌফমনি, মহাক্না অরাংবনি। মপু মগাক্কী ১শেক মঙাক্না এখোয়গী থরাই ওইজবনি। মহাক্না অরাংবনি ঐখোয়না অনেম্বনি। 'ইনেম মচা' হায়বদি তনেম্বা তাইবংদা পোক্লরবা মপুদগী শাকপা থরাই হায়বদি শিরিবা মী অমুগী থরাইবু হায়বনি। 'পাম্মুবী' হায়বদি মাম্না পুংশিজবা থাঙমদবা হায়বনি।

থরাই কৌবা চেক্লামা নিংঙমদা নিংঙমদনা পাইথরে। তাইবং পুনসিদা চঙমা পুংশিরবা পুংশিরবীগী মরকত্তা তিনজ-নিংনবু কায়দোক্পগা কৌবা ফংখিদ্রে, অশিবগী চৈথেনা খনখবে। অতুম্বুরা তাইবংদা লৈহৌরিবা তাইবংচাশিংনেম্ন মিংত্তা পিবা শিন্দ্রে। চংখিরবা থরাইবু পুংশিবনদি খাংঙমদে, শামগে হায়বসু খামঙমদ, শিবিবা মীগী মচা মঙশিংনা থমোইদা চাক-পবু "শাবী ইনেম মচা পাম্মুবী" হায়না শৈগানে।

'চৌংতুং' হায়বদি মীওইবগী মমু ইকচাবু হায়বনি। চৌংতুং = চৌং + তুং = চৌং হায়বদি চিংবা, পুবা + তুং, হায়বদি রাখল, তুঙ। মীওইবমী তুঙ' হায়বদি রাখল লোশিং ওইবা পুম্নমক অসি ইকচাং অসি মাওদনদি লৈবা যাদে। রাখল

লৌশিং পুম্নমক অসিবু যোমদুনা, চিংদুনা পুদুনা চৎলি হায়বগী মীওইবগী সম্ন হকচাংবু 'চীংঙ্গুং'স্ন কৌই। "সনা লোক" হায়বদি মীওইবগী শন্দোকপগী ইচেলবু 'সনা লোক' কৌই। সনা হায়বদি সনা (শন্দোকপা) হায়বনি, 'সোনা' হায়বা রাহৈ-দগী লাকপা সনা (gold) হায়বা রাহৈদু নত্তে। চীং অনিগী চীংচপতা চেনবা ঈশিংবু লোকী ঈশিং কৌই, চীংচপ অমম্নং ঈশিংগা কোননা থংবা রাহৈবু 'লোক' কৌই।

তাইবং পুনসিগা শিখ্রবা মীশিংগা তোঙান তোঙান্না তাহল্লিবা অসি অশিবগী চৈথেননি। শিগদোববা মীনা অমম্নং শিখ্রবা মীগী থরাই মিংবলনা তাইবংগী অপাম ফুংশিবু থাদোক নিংদদুনা, থাদোকপা ঙমদবদগী মপুগী মনাক থৃংঙমদে। শিববা ফাওবদম্ন অপাম ফুংশিনা পুদুনা থমই। অদুবু কদাই। তাইবং পুনসিবু থানিংদবদগী ক ঙাওনরবা থরাই চেক্লাগী কায়দোংফমদি কদাই? অদুগা তাইবংদা লৈহৌবিবা বায়ন মেচাক ফংলবা তাইবংচাশিংনা থরাই চেক্লাগী অরাবা কনবা ঙমগদ্রা? পুম্নমক অরেবনি, শিবগী চৈথেনা থনখরে। তাইবংদা লৈহৌবিবা তাইবংচাশিংনা শিখ্রবা মীগী থরাই চেক্লাগী কারাবদি উ, শিবগী চৈথনা থনখিব। তাইবংদা ত্রিম্নবা পাহৈদি পিবা ঙমদ, শিখ্রিবা মীগী থরাইনা অমুক মপোক লাংওল্লি হায়বদি থাজ, শিখ্রিবা মীগীদমক তাইবংদা লৈহৌবিবা মম্নাম্না রাবা ফুংশিবা অমম্নং মাবু অমুক তাইবংদা উনিবা পুম্নমক আসিবু "শাবী ইনেম মচা পাম্বী চীংঙ্গুংগী সনা লোকগী পাইশিরগ্রাসে।"

হায়না তেংশাদে। তাইবংদা অমুক মীগী মশাদা চংহুনা লোক লকখো, ঐখোয় উনখিশি হায়বনি।

মথকতা হায়জখে—মীতৈদি শিত্রিতৈদা খাংলেনকমদা মচা মুপা নুপীনা লমজিংহনা পুখোকই। খাংলেনকমদা মতম খরা শিবা তাংহনা হিগু্না লৈ। মথককী ইথৈ অসি লায় ইশৈনি। শিরমদাই পুথোকপা অমম্নুং শিবা মতমদা লকপা ইশৈনি। লায়—ইশৈ অসিগী কায়বা, মুণ্ডগী ফজবা তাইবং শেম্বা মপু অতুগা তাইবংদা পোক্রবা তাইবংচা ঐখোয়গা লৈনবা মরি শেংনা তাকপা, পুনসিবু শেংনা উবা, পুনসিগী লম্বী তাকপা লায়—ইশৈনি, তাইবং মালেমদা তাংলবা মীতৈগী লয়ি।

শিরবা মতুংদা মীতৈনা কয়া লীচৎ—থৌরম পাংথোক্লমই য়েংশি।

"মতৌ অণুয়া তীগী—লাটলী খিনা অমাই—মপশীন হৈপনা মথৌ থময়াংকনিএ। অসিনা মুমিংকী মথৌ থময়াংপা কৌএ। অতুকা পাকী মথৌ থময়াংপা হাংলীএ। অতুপু কিলোই হায়না কৌএ॥" ১৩

মী অমা শিরবদা মীতৈ ঐখোয়না তৌগদবা লীচৎ-থৌরম (ধর্মগী ওইবা) অনিথক লৈ—অহানবনা চুপশা মোইথেম, অনিশুবনা ফিরোই।

চুপশা মোইথেম

মথকতা লায়—ইশৈগী মতাংদা তাইবংচা ওইনা পোকহনবা

---

১৩ পোলপী লাং

থরাই চেক্লানা অপাম সুংশি তাইবং রাখপ শাউমদবদগী কংডাও ননা কোইপাই পাইস্থনা লৈবগী বা পনজথে। নিংছমত্রবা তাইবংদা লৈহৌরবা মচা মশুনা তাইবদা পোক্লকখো অমুক উনখিসি হায়না কপত্থনা তেংথাবা বা পনকখে। মথককীনা লায় ইশ তেংথারোননি। চুপশা মোইথেম লৌচংবী ওইবা থোরমনি।

ত্তেক্ষম বংদনা কোইপাই পাইত্থনা লেয়রা শিথবা মীগী থরাই চেক্লাবু তংতাবা কায়দোংফম সমু হকচাং অমা পীনবা তোবা পাংথোকপা থোবম্ চুপশা মোইথেম কোই। চুপশা মোইথেম মুমিংকী থোরমনি। ফিরোংনা থাগী থোরমনি। মুমিংকী মখো থময়াংববু চুপশা মোইথেম কোই অমুগা চাহুগী মখো থময়াংববু ফিলোয় (ফিরোই) কোই।

চুপশা মোইথেম কনিমো য়েংশি। চুপশ = চুপ + শ = চুপ হায়বদি চুপশিনবা শা হায়বদি হকচাং নত্রগা থরাই পামবা পোৎ অমদা, চুপশা হায়বদি হকচাংদা নত্রগা থরাই পামবা পোৎ অমদা চুপশিনবা লৌশিনবা হায়বনি।মোইথেম = মী + ওই + থেম = 'মী' হায়বদি মী, 'ওই' হায়বদি ওইনবা, থেম হায়বদি থেম্বা, হোৎনবা, মোইথেম হায়বদি মী ওইনবা থেম্বা, হোৎনবা হায়বনি। মরম অসিনা চুপশা মোইথেম হায়বদি থরাই চেক্লা অহুবু তাইবং হকচাংদা পুশিল্লগা মী ওইনা পোক্লবা হোৎনবা

চৎশিনগ্রে মসিগ কৈত্তাইবা কৌই। "লৈতাইপতি পশেম ইমাপু তাইপনে। নোংতাই পাতি পঙ্গৌ ইপাপু তাই পনে" ১৪

শিহরিনবা হাখল অসিগ চুপশা মোইথেমদা শমতিন্নে। "চৌংগী সনা লোক্তগী পাইবিরকলোনে" হায়বা অহুব তখেংনা ওইনবা মী ওইনা পোকলকপবা চুপশা মোইথেম পাংখোকপনি।

মীওইপনা শিবদা লম্ হকচাংদা যাওবিবা হক' হায়বদি element পুরমক অহুনা মাপেম লৈমাদা তিনখি অহুগা থরাই মিরেল অমা মপান নাইত্রবা মোংলোন্দা তিনখি। অমম্না নোংতাইশ্রনা থরাই—নিরেলপু, অমবা নাইত্রবা মপুগী খুদাল থরাইবু, অনৌবা হকচা অমা পিনবা পশেমগী শীংকনুংদা পুরক্পা হোৎনবা লীচংকী খোরমগু চুপশা মোইথেম কোই।

ঐগী লাইবিক্কী অহোবা মপান মাইত্রবা মোংলোন্দা কংতাওমনা পাইশ্রবা থরাই চেক্রাগ অনৌবা লম্ হকচাং পীনবা পশেম অমগী পীবুকপুংদা পুরক্পা, মী—ওই পুনসি ওইনা পোক্লকপা হোৎনবা মীতৈ লীচংকী খোরমগু চুপশা মোইথেম কোই হায়রকথে। অহু ওইরবদি চুপশা মোইথেম হায়বসে কনি নাইশোম খোন্দুনা, মনি পোং কংপুনা থবা থুংলাই (পেনা ?) শিংমতুনা, তরথা মকমদা কপ্পা ওংদা পাংখোক লখগে হায়রবসে লোযনা মংকম খোকপনি। মসি ঐনা অরেম্পা ওইনা থুনা উমস্রে। মতাং অসিদা ইখোয় মীতৈনা পিবাং ইহৌমনা নিংশিংকম থোকই— *"মৈনা তাইনা তা৽। শাম।"

১৫ পোলগী পাং

মীতৈ লৈপাকতা লৈরিবা পুয়া অথাম্বা মক ওইনা ময়েক ৩৫না ইবা, অসি ১৮ শুবা সটাবদিদা লয়াং মখুৎ চংখি বনা মরা লৌবা য়াদ্রে। হিরম অসিদা পাঙবা যাবা পুয়া লেংনদবগী মসিগী পাওথুম অসি লেংনা পিবা ঙমদবনি।

মীতৈগী চুপশা মোই থেম কনানা পাংলোক্লমহৈ?

"লৈশেমতৈদগী চৎমরক্রবা মীতৈগী লাই হরাওবা কৌবা খোরমবু মথাংগী তৌনশোন লাইখোন হাপচিনখি। মীতৈগী চুপশা মোইথেম কৌবা *লান্না খোরমবু শ্রাদ্ধ হায়না মথাং ধর্ম্মদা ওন্থোকখি॥

মীতৈগী চুপশা মোইথেম তোংনদি মীতৈ লৈপাকী গুংডাহ য়াইফ মরাং কায়নবা 'শখিবা মীগী হেলা ফবা মী ওইনা লোক্লবা শাগৈ পীবা মথৈগী

*"মৈনা বাইনা তাংনা শম"— অত্রৈ পামহৈবা গরিবনীৱাজনা পানথৈদা পুথা তুম্না মৈ থাখি। মীতৈগী লৌচংপু থাংনা নমগখী। মীতৈগী অশেংবা লৌচং চবা পুথাবু মৈ থাদোকলগা অবাইবা মথাং লৈপাকী ধর্ম্মবু শমজীনী। মীগীদা তা তুনা শমজীলগা ঐশোয মীতৈগী অশেংবা মাংনবা হোৎনখী। মরম অহ্না হোজীক ফংলীবা পুথা কথাগুক্তী মমাং মথুং চংখীবনা মবা লৌবা যাদ্রে। মসী পুন্নমক থংনবা 'মৈনা বাইনা তাংনা শম" হায়না শৈথানবমহৈ। 'বাইবা' হাযবদি চাকপা নত্রগা থাদোকপা হাযবনী।

*লান্না-খোরম— বাহৈ অসী কুইত্রীবা বাহৈনী, হিন্দু নমতুনা ওলহনবা মতুংদা শিজীন্নবকপা বাহৈনী। মীতৈগী লান্ন ইশৈদী লৈ, লান্ন-খোরম লৈতে। বাহৈ অসী মীতৈগী লৌচংকা চানদে। চুপশা মোইথেম হাযবা খোরম অসী মীতৈগী লৌচংকী খোরমনী। লান্ন-খোরম নত্তে।

অচেংপা লেংত্রবা থৌরমমি। মীতৈনা শিরগা মুমখোং কৈদোং লোইরগা নুমিৎ তরেৎনিগী অয়ুক্তা শাগৈগী পীবা মথৈনা শাগৈ শাগৈগী পুম্না পুন্দোক্লগনা পুম্নাগী লাশিং চৈল॥" ১৫

মথক্কী quotaton অসিদগী মীতৈগী চুপশা মোইথেমদি পীপা ( শিবা ) না পাংথোক্লমই হায়বগে লৌনা থংলে। পীপা হায়বদি মগীস্নু ওইবা মপাস্নু ওইবা হায়বনি। শাগৈগী খাই দগা যাইতোং খমজোংবা তুপা অমত্তু পীপা হাপই। মহাক মশাগী কবিগুম্বা অশোইবা মিৎ নাম্বা তাংখত্পা লৈবা য়াদে, তুমন লৌবা য়াদে, মরমচৎ শোধবা য়াদে। খাইদগী ফবা তুপাত্তু পীপা হাপই। তাইবং মপু শিদবা, ওবং হিংদোনবা, ইপু অবোইবা মহাকপু তাইনবা থবা তুপানি। মহাকতমা লীচৎকী থৌরম পাংথোকই।

কয়াসিগুমদা চুপশা মোইথেম পাংথোক্লমগে ?

মথক্তা পোলপী—লাংমী লৌথোকপা ( quotation ) অমদা "মথৌ খময়াংপা" মখল অমি তাই— অমদা নুমিৎকী মথৌ খময়াংপনি অমগা অমদা থাগী মথৌ খময়াংপনি হায়জে। পোলপী—লাংমী রাইৎ পথেং খরা অসিমা মীতৈগী মথৌ খময়াংপা অসি অথানবনা নুমিৎকী থৌরমনি, নুমিৎ ৭ নিগী মথুংদা লৈকম থোকই হায়বসে ফজনা তাকই। নুমিৎকী থৌরম হায়বদি নুমিৎমা ৭ নিদগী হেন্দবা মরমনা, ৭ নিগী মথুংদা পাংথোককম থোকই হায়বসি অরেপ্পা থুমমনি। নুমিৎ ৭ নিদগী

১৫ ভাগ্যচন্দ্র লাটৈ লাথুপ

ফেল্লগা পাংখোক্লবদি মচু পাগী খোরমনি, শুমিৎকী খোরম নত্তে।

অতুগা অদুক মথকত্তা দিব্রিবা ভাগ্যচন্দ্র লাইব লাথুপ তগী লৌথোকপা ( quotation ) অসিদা য়্যমখোং কৈখোং লোইরগা ৭ নি শুবা শুমিৎতা পীপানা চুপশা মোইথেম পাং-খোকই হায়না খেনা ইরি।

অতুগা ঐখোয়না খৌরিক তৌয়না মীতৈ—হিন্দুশিংগী মরক্তা উরিবা লৌথোক অমবা 'লাইমিং লৌদ্রিবা" ( হিন্দু ওদ্রিবা ) মী অমা শিরগা ৭ নিদা শোরাং শোনবা অসিনি। মসি হিন্দু ধর্ম্মগী শুচিংবা বামোনশিংনা "লাইমিং লৌদ্রিবা" কাংবু অসিদি হিন্দু ওদ্রি, মখোয় মীতৈগী লীচৎতা অচুম কৈক্তনরু হায়চনা ৭ নি শোরাং শোলহল্লমনি।

পুম্নমক অসিনা মীতৈগী চুপশা মোইথেমদি শিবা শুমিৎতগী ৭ নি শুবা শুমিৎতা পীপানা পাংখোক্লমই হায়বসি য়েংনবা মাদ্রে হায়না খল্লি।

চুপশা মোইথেম হায়বসে মীতৈনা হিন্দু ওদ্রি/ভদা তশোংনা তৌরম্বা লীচৎকী খোবমনি, খোবম অসি মীতৈনা শিগ্রবা মীগী পাইথোকখ্রবা থরাইনা এথোয়গী ইরকত্তা অমুক হন্না নী ওইনা পোক্লবা, মী অচুম্ব মীখোই মীহৌবা পোক্লবা লীচৎকী ওইবা খোরমনি হায়বসে হেয়্না ফজনা থংনবা শ্রীঅথোয়বাপু শর্ম্মানা ইরম্বা 'পাখংবা' হায়বা লাইরিক অতুগী লাঃ ৪ অমসুং

৫ দা য়াওবা বাতৈ পরেং কয়ামুক অহ্ন মহাক্না নৈনবীনবা মথাদা পিরি —

"গুরু অহনা মৈতৈগী ধর্ম্মব মকক্নংনা মাংহল্লবগীদমক মৈতৈগী লাইরিক পুক্সংক লোতনা মৈ থাদোকই। মাতুদা মাম হান্না, এনা মৈতৈগী লাইরিক মথাম মৈ থাবদা লৌরিবা অসি গুম্না মৈতৈনা শিরগা তৌগদবনি। শিখ্রবা মীনা অমুক হাঞ্জিন্দুনা মাগী মনা ওইবা মীবু ওত্তনবা মৈ থাবদা মংথোং থিংগদবনি। মৈতৈগী ধর্ম্ম অসিনা অমুক হন্না চংলকত্তুনা মৈতৈবু ওত্তনবা ধর্ম্মগী মংথোং থিংলবনি। মসি লেংউ হায়ত্তুনা শিং শেমই। মথকতা মৈতৈগী লুর লুরবা পুরাম পুস্বা হাপলে, সিংখাক্না অমোক মথকতা ননশিল্লে। মহাক্না ঈশিং চফু অমা মবেংবান্দা হাপত্নুনা পুরে, মথুংনা থাং অমগা মৈচম অমগা তবেংলক হন্না কোইরগা মৈ থাই। মৈনা চাকথংলক্ল-বদা থাংনা তবেংলক য়ানলি। অদুগা অমোক হল্লক্লকত্রবা হায়-দুনা নিংথৌগী সনথো দা লৈযি তরেং চিংই। মম্মম তৌত্তুনা মনিপুর পুন্থদা লৈবা লাইরিকপু অমত্তা থাকতনা লোমগংতুনা মৈ থাখি। মৈতৈগী লাইরিক তশা য়াদে, ইবা যাদে হায়ত্তুনা নিংথৌগী য়াথংনা থিংহনলি।

গুরু শান্তিদাসনা হাঙ্গিরমই— মৈতৈগী ঈশৈ শকপা য়াদে, মাতুদা লুংশিন্নুনা গীতা পী তাত্নুনা কপ্লবদি— অয়ুক লুংথিল শিরগা কাক এন্দুনা, অহিং শিরগা মকু এন্দুনা মকোই হুংওন চৗংদা পাইশিল্লি অদুগা নরক তাই। নোংদোন নিংথৌ

পাখোইবীগী মগুন ভাবা যাদে. খবা খোইবীগী ঊচৈগে ভাবা য়াদে. হায়দুনা শিংলোব্ থিহেনলি, মশুম তৌদুনা মৈতৈগী সংদা যুম্বা চিত্তামনি মহাম কুকতুনা শামু পোং তক্ক নিংথি তুরেন্দা হম্থি। অসিগুম্বা শান্তিদাসকী থৌদৌ অসিদগী হৌজিকফি মৈতৈগী পুরান পুস্তক অহ অমাম্বা মুৎথরে।"

মীতৈদি মপা মপুগী লাইনি হায়না নিংই থাম্বা অসিদি মা মানবা মাফমসি। ঐগী খরাইগী ইপাদা পাদ অমসুং মচুগী থোংদকই হায়বগীদু ইপাগী 'পখৌ' কৌই, ঐগী খরাইনা ইমাদা পদি হায়বগী ইমাগী পলেম (পদে + ইমা) কৌই। ঐগী লাই ওইরবা, ঐগী চাওবা মোকপদা মহা কুপ্পবা ঐগীতা খন-ঘদা পুনসি মতোন লোম্বা পলেম পশোইনা ঐখোয়গী ইরকা অমুক হনকচুনা মীখোয় মীহেম্না অমুক পোক্লকতুনা ঐখোয়গী ইরকতা অমুক তিন্নবা মীচংকী থৌরম চুপশা মোইথেম'গী পরিবর্তন অমসুং শান্তিদাসনা মুথংথি অমসুং অমুক হনক-তমবা থাংনা মমথি হায়বসে মথকী শর্মাগী পরেং খরা অসিদা প্রমান তৌরে।

মথকী 'পাখংবা' দদী লৌখোকপা "শিজবা মীনা অমুক হন্জিন্দুনা মাগী মরী ওইবা মীগী ওন্তুনবা মৈ থাবদা মংথোং থিংগদবনি। মৈতৈগী ধর্ম অসিমা অমুক হন্না চংলকতুনা মৈতৈগী ওতনবা ধর্মগী মংথোং থিংলবনি।" হায়না সিংথৌ অমসুং শান্তিদাসনা য়াথং পিবা অমসুং দত্তিগা লোইনমা লাওখোকপা অসি মীতৈগী নমথুনা মপা মমাগী হাংদুমবনি। থাংলেনকমদা

লোংনা হিপতুনা শিগদবা মিকুপ থরক্তা ভাইরবা ফাওবদা মচা মতুবু লুংশিবনা তাইবং থাজমত্রবা, শিরবা ফাওবা থরাইনা মচা মতুবু লুংশিবদগী চৎথিবা ওমত্রবা অগ্গুনা ইপা ইমাবু অযুক হল্লকতনবা করম্না মংথোং থিংগদৌরিবা ? করম্না ইপা ইমানা হল্লক্লগা মচাবু ওংকাদৌরিবা ? পুম্নমক মীতৈ ভাংনবা তৌথিবনি। থুদকতা মংথোং থিংবা তোকদনি পরিবমিবাজ অমসুং শান্তিদাসনা ওৎতুনা শিখ্রবা ইপা ইপুবু কোদুনা হিংগৎলকলিবা মীতৈগী লুচিংহনগদবনি। ইপা ইপুগী নিংবা মতোন লোমহনগদবনি। বাশকথিবা মপোক তবেৎ শুবে।

## ফিরোই

হুমিংকী "মথৌ থময়াংপা" শাগৈ পীপানা তথোংনি শুগা হুমিংতা পাংথোকই হায়রথে। হৌজিক থাগী "মথৌ থময়াংপা" বাংলি। মীতৈনা থাগী মথৌ থময়াংবু ফিরোই কৌই।

মীওইবা অমগী পুমশিবু পলেমগী মাওবীকোন্না মক্ত তনবিদবু মীতৈনা খোইজি থাদা মিঙন হুনবা, মহুক শোনবা, লাকয়েম কিয়ানবা অসুম হায়না বাহৈ কয়ানা পাওথাবৈ। মীতৈ ঐথোয়গী থা ১২ নৈবগা পাংথোকলিবা লীচংকী থোরম 'ফিরোই' হায়বসে 'লাকয়েম কিয়ানবা' হায়বা বাহৈ অমিদগী লাকপনি। 'লাকয়েম কিয়ানবা' হায়বদি ফিংহৌবা হায়বনি।

মীতৈবা "নাওরোম" কি হায়রগদ্রা খংনৈ। মীওইবা ঐথোয়গী পুরখিগী হৈচেল অসি পম্বো ইনাদগী হোই, পলেম ইমাদগী হোবা নত্তে। ঐখোয় পোকপা ইপাবু পম্বো কৌই। পম্বো ইনাগী মকখদা থবাই মিরেলনা পন্দুনা থা অনি লৈ। পন্দুনা লৈরিবা থবাই মিরেলবু পলেম ইমাধা থৌগায়কই হায়রবগী পম্বো ইপা কৌই।

তাইবং মীওইবনা শিংবদা হকচাংনা লৈতাইখে অদুগা থবাই মিরেল অদুনা নোংতাইখে। 'নোং' হায়বদি তাইবং শেম্বা মপু তাইবংগী পম্বো অদুদুনি। হায়রখে। তাইবং মপু মরাকতি থবাই পাম্বা পুক্ষমকপু শন্দোকপা ওইবা মমনা সনাইলেম শিংদনম কৌই। নোংতাইখ্রবা থবাই–মিরেলনা সনাইলেন্দা চংখিববু পম্বো ইপাদা চংথি হায়না মীতৈনা থাজৈ। থবাই–মিরেলদি লেম্না নাইদনা মপোক লাংওনবনা পলেম অমগী পীবকন্দুদা কুমথরকই অমদুং অযুক তাইবংচা ওইদুনা তাইবংগা তীনৈ। অদুম্না মপু মত্তোন্দগী থোয়কপা থবাই মিরেল অদুনা লেম্না মাইদনা মপোক লাংওন্দুনা মপু মাগী তাইবং কুমথদা মাওই। মমু হকচাংনা শিংবদুনা ইথুমবদা, কাইদোংফম লৈতত্রদুনা শাইথোকখ্রবা থবাই চেক্লামা অকবা পম্বো অগদা চংদুনা পুকফবী মাইকবী পলেম অমগী পীবকদুংদা তাক্লংবা চুপনা মোইথেমদা তাইবং শেম্বা পম্বোমত্তোন্দা থুকমজে, থৌনিজে, চাকচেন যুথেন তৌই। মথকতম পনজগে।

অমম্না তাইবং পলেম পম্বোগী সমু কচাংদা চংথ্রে হায়না থাজরবা থবাই—মিবেশ অতু থা ১২ নি শুরবদি মপুং ফারে, তাইবং ওইনা পোকলে, ফি শোইবে হায়বগী থা ১২গী থৌরমবু 'ফিরোই' কৌই। নৌনা তাইবংদা পোংদাবকলিবা তাইবংচা অহনা মুঙাই মাইক মাইগী মরাং কাইনা পুনসি হুংশাংনা তাইবংদা লেপ্পনবা ফিরোই হুমিংতা অচা অংক তরা লুকোয় কংতুনা তাইবং নপু মথোন্দা থুকমজে, থৌনিজে অমমুং কৈরোই লৈকায় পুন্না তরা লুকমন থুনমিই।

লোইববা

---

# পুয়া মৈ থাবা

মীতৈগী পুয়া লিশিং মরিদগী হেন্না লৈবমই। মথাগী পুয়াশিং অসি পামহৈবা অমসুং শান্তিদাসনা মৈ থাদোকখি, মরু ওইবা থবদি মৈ থাবা হৌবদা পাইথোকখি*—

(১) তাওরোই লাই য়াংবী (২) পাখংবা য়াংবী (৩) তাওরোই লাই নোংখন (৪) পাখংবা নাওয়োম (৫) সনামহি নাওযোম (৬) সনামহি নোংখল্লোন (৭) সনা মহি লাইহুই (৮) পাখংবা লাইহুই, (৯) লৈথক লৈথালোন (১০) লৈথা নোংথালোন (১১) লৈচিনলোন য়ুম্বী (১২) নোং লোন য়ুম্বী (১৩) নোংলোন লাইচম (১৪) নোংদোন লাংপুম (১৫) নোংদোম লৈচিনলোন (১৬) লৈরোন য়ুমচেৎপা (১৭) লৈচিনলোন নাওয়োম (১৮) হাওবা লৈচিনলোন (১৯) লৈথা লাংপুম (২০) থিলেন শাকোক (২১) লিবোন শিকাপ (২২) থুনুং শিকাপ (২৩) থিলেল মৈবম লিবা (২৪) থিলেন লাযাং (২৫) থিলেন লাইচম (২৬ থিলেন চেপপী (২৭) থিলেন থিপোংপী (২৮) থিলেন কাংখোং (২৯) লৈশাংখোং থিলেন (৩০) য়ুম্বী থিলেন (৩১) নোংমাইচিং থিলেন (৩২) হৈপোক থিলেন (৩৩ লাং কোন থিলেন (৩৪) কৌব্রু লাংথৈ (৩৫) থাংজিং লাংথৈ (৩৬) লোইচিং থিলেন (৩৭) চিংথৈ সেক্লিং (৩৮) চিংঙা লাংথৈ (৩৯) ললামপুং লাংথৈ (৪০) বাংপুলেন সেক্লিং (৪১) নুংলোন লমপুবা (৪২)নুংলোন য়ুম্বী (৪৩)নুংলোন য়াংবী

(৪৪) নুংলোন ককখাইবা (৪৫) সাকোক লাইচন (৪৬) নুং-লোন মহৌ (৪৭) চাকতা মহৌ (৪৮) খোই মহৌ (৪৯) মহৌ লাংপুম (৫০) মহৌচা তখেন (৫১) মহৌ সেক্লিং (৫২) মহৌ সা সিকোক (৫৩) মহৌ লাংসুম তখেন (৫৪) তাখোং মহৌ (৫৫) লেমখোং মহৌ (৫৬) নোংপাই মহৌ (৫৭) লৈহৌ মহৌ (৫৮) মুরা মহৌ (৫৯) লৈহৌ লাংপুম (৬০) খেনখেম মহৌ (৬১) লৈচাই মহৌ (৬২) নোংলোন মহৌ (৬৩) লৈ-রোন মহৌ (৬৪) চকপলোন মহৌ (৬৫) হয়ি লাংপুম মহৌ (৬৬) কিথুম মহৌ (৬৭) চকপলোন খেনকা (৬৮) চকপ লোন (৬৯) শোন্ন নুংপুং কোইবা (৭০) লৈখা নুংলোন লাংপুম (৭১) নোংতোন হির (৭২) খুনুং শমপুম (৭৩) থিরান লোন (৭৪) মরান লোন (৭৫) মরাক লোন (৭৬) হির লংগুংলোন (৭৭) চোংখুলোন (৭৮) খম্বালোন (৭৯) লাই সিংকোক লোন (৮০) অপোকলোন (৮১) লংমাই চিং কোইলোন (৮২) চিংথাং চিংকোইলোন (৮৩) লোইচিং চিংকোই লোন (৮৪) কোনচেং কোকফবোন (৮৫) চোংখু লম্বা (৮৬) কোক্র চিংকোই লোন (৮৭) খুনুং পুংকোইবা (৮৮) খ্যাব থিলেন লোন (৮৯) খুম্বোক লাংবা (৯০) শিং-সং লোন (৯১) মহৌ য়াংবা (৯২) উরেলপুং মরুয়োন (৯৩) বারোন (৯৪) পাবোং খোংচিনলোন (৯৫) চিংলোন লাইহুই।

* পুয়া মশিংশিং অমামনা রাখুন লোইশংচা লোখোকপাশি।



লাইব্রিক অনিবা—

[১] মীতৈনা শিরগা যুমৎ—
ককপা মাত্রবা পুরাগী অমম্বুং
English Writer শিংগী শুনমশিং।

[২] মীতৈ হিন্দু নত্তে—
ককপা মাত্রবা
English Writer শিংগী মত।

[৩] চেক্লা পাইখরবনা
পোত্বী হজিল্লকপদা… … …
… …. …. … …
মীতৈগী লান—ইনৈ,
তাবদা তাইবং ইপাকপু লানরবা
তাইবং মালেমদা তাংলবা মীতৈগী লনি।
পাখিরপা খংবিনি, অমুক্তদি পাবিয়ু।

---

মখংদা ফোংলগনবা—
( কংলা শাগী মতাংদা )
"কংলৈপাক শকতম"
( লাইনিংথৌ নোংশাবা )

---

নম্বমঃ— ফাইন প্রিন্টিং ৱার্কস ইম্ফাল।